

ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯑꯀꯥꯗꯦꯃꯤ

# ঈশিং থিংবী

অমসুং মাগী ঈশৈ

ইহিলেন শা-ঙানবা

# ꯏꯁꯤꯡꯊꯤꯡꯕꯤ
# ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯗꯨꯒꯤ ꯏꯁꯩ

# Eeshingthingbi
# and its melodies






কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম) ইম্ফাল

নিতাইনন্দ কম্প্লেক্স, বিমস বোড, ইম্ফাল

# Eeshingthingbi
## and its melodies
(A book of 70 poems)

---

*By* **Ehilen Kha-Nganba (Okendro Khundongbam)**

***Published by Khundongbam Manglembi (Mother)***
***On behalf of***
**Kangleipak Loinasillon Apunba Marup (KLAM), Imphal**

***Drawn by : R.K. Yendrembam***

***No. of copies : 510***

***Price : Rs. 79/-***



---

***Type set and Printed by :***
***Diginet Offset printers, Thongju***

কনা খঙবীদ্রবা ঐখোয়গী

কান্নরবা লনশিংদা

মৈচাক খাঙবদা

চোকথবা লৈশ্রবাশিংদা

মরৈবাক্কীদমক থম্মোয় শেংনা

মীনুংশি পোক্লবাশিংদা

## অইবগী ফোঙগ্লবা লাইরিকশিং

১।  খল্লুবদা নোক্লিংই (ৱাবীমচা, সেপ্তেম্বর ০৩)
২।  নুংশিবা লৈনম (খোমজিনবা ৱারেং-শৈরেং - আগষ্ট ০৫)
৩।  খল্লুবদা নোক্লিংই (অনিশুবা খুৎনম - জনুৱারী ১, ২০০৬)

## ফোঙবদা য়াওগ্লবশিং

১।  অয়ুক্কী নাচোম (খোমজিনবা শৈরেং-কলম ০৩)
২।  ইমাগী খোঞ্জেল (খোমজিনবা শৈরেং-ইমাখোল ০৪)
৩।  মহুম (খোমজিনবা ৱারীমচা - কলম ০৪)
৪।  মচু মচুগী মঙাল (খোমজিনবাশৈরেং মালেম অইকোল ০৫)

## কলমগী ফোঙগ্লবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অয়ুক্কী নাচোম (শৈরেং) | - | খোমজিনবা |
| ২। | খল্লুবদা নোক্লিংই (ৱাবী মচা) | - | ইহিলেন্ খা ঙাম্বা |
| ৩। | অইংবী অতপ্পী লাইবেপ্পীগী তেংথাখোল্ (শৈরেং) | - | উতমবলা |
| ৪। | এজন্দ দ্রোপ ফোল (হিস্ত্রি) | - | কিনথুই জিনাং মাবেম্মৈ |
| ৫। | মহুম্ (ৱারী মচা ) | - | খোমজিনবা |
| ৬। | অচুম্বা লৈই (নোবেল) | - | এম্:দি: বাজ খান্ |
| ৭। | সলাই শৈবেত্ (শৈরেং) | - | সনাহোংবা মঙাং |
| ৮। | পীবাবেল্ (নোবেল) | - | থোকচোম কিবন্ |
| ৯। | ৱাখল্গী উচেক্ (ৱারী মচা) | - | সোমানন্দ লৈশাংথেম্ |
| ১০। | ঈমাদি খোংদাই শেৎলরোই (শৈরেং) | - | ইরোম চনু শর্মিলা |
| ১১। | ৱাশক্কুগী চৈনা (ৱারী মচা) | - | বাকেস নাওরেম |
| ১২। | শক্ফম্ ওল্লবা মালেম্ (শৈরেং) | - | গুনমনি লৈমা |
| ১৩। | চৈরাক্ (দ্রামা) | - | থোকচোম কিরন |
| ১৪। | খল্লুবদা নোক্লিংই - অনীশুবা খুৎনম (ৱারী মচা) | - | ইহিলেন্ খা ঙাম্বা |
| ১৫। | লিক্লাং পরেং (শৈরেং) | - | গোমতি লৈমা |
| ১৬। | লোয়ালম্গী শংবান্নবী (ৱারী মচা) | - | উম্বী লৈমা (জমুনা) |
| ১৭। | চৈখল্ (ৱারী মচা) | - | নোংইন্ (প্রেমজিৎ) |
| ১৮। | ইচাশা ঈমাদি খ্বাঙ্ য়ৌরে ((শৈরেং) | - | গুনমনি লৈমা |
| ১৯। | ইঙেল্লৈ (ৱারী মচা) | - | থোকচোম কিরন |
| ২০। | ঈশিং থিংবী অমদি মাগী ঈশৈ (শৈরেং) | - | ইহিলেন্ খা ঙাম্বা |

# থৌবুরেলগী মাইকৈদগী ৱাহৈ খরা

অইবগী ৱাখলদি ঈচেল নাইবিবা ঈশিংগা পাঙ্খক্লি। থম্মোযদবু তাখ্রবদি মমিদুনা কলমগী মতেংনা ঙসি অমসুং হযেংগী মবক্তা লেপ্তুনা ৱায়েন চৎথবকই ৱাবী ওইনা, শৈবেং ওইনা। নহা অইবশিংগী মশাইগোল ওইরিবা কংলৈপাক লোযনসিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম)না অইবশিংবু পূক্লিং থৌগৎ তুনা লাক্লি। কলমগী ফাওন্দব সেক্রেটবি ওইবিবন্না ঐগী মরূপ ওকেন্দ্রো খুন্দোংবগী ইচঙ থৌবা খূৎইশিং মথং মথং থোবকপা লেপত্রি। বাবীমচাগী লাইবক 'খল্লুবদা নোক্লিংই" অনিশুবা খূৎনম পুথোকখ্রে। 'নুংশিবা লৈনম' কৌবা খোমজিনবা লাইবিক অমসু পুথোকখ্রে। এন্থোলোজিগী শৈবেং কযা পুথোক্তুনা অইবগী লমদা চঙশিনবা লেপত্রিবা মরূপনা ইন্দক শৈবেংগী লাইবিক "ঈশিংথিংবী অমসুং মাগী ঈশৈ" কলমগীনা ২০শুবা লাইবিকসি মীযামদা পুথোবকপা অসি যাম্না থাগৎ নিংঙাইনি।

মহাকুম্বা ন'' অমব্ থৌনা পীবা হাযবসি অইবশিংগীদি তৌফম থোকপা অমনি। মতমসিগী চপ চাবা বাঃ এযাব্ মাগী খূৎইনা পথোনকই,

"অচুম্বনা নুংঙাইনা হিংলকখিগদ্রা ?
অনানবনা মথন্ত মাঙজখিগদ্রা ?
অমম-অঙান্না বাযেন চৎথবা ঙাইখিসিবা ?"

(নোংমৈ)

"লাউবি উমং কনসি
চীং-তম নকশিন্নসি
অকোযবা ফগৎহনসি অচুম্বা থম্লসি
লান তৌবসি ঙমখৈগী
অদুবু তাবিদবা কনানা ?"

(তাজনিংদে ৱাকৎ)

ৱাকৎ অমসুং ৱাথোক ম্যামসিবু খূৎ থিন্দুনা অইবসিনা পুথোবক্লি, লুবিবদি কনানা মসিগী পাউখূম পীবিগনি হাযবসিনি। লাইবিকসি পূথোক্নবা হোৎনবদা হকথেংননা অমদি নাকোযননা য়াওবিখিবা লূপলোই খুদিংমক্কী তৌবিমল কলমনা কাওজদে। পূম্নমকপু থাগৎচরি।

১৯/৯/০৭

নাওবেম কোকিল (বাকেস)
থৌবুবেল কলম, ইম্ফাল,

# হায়জনিংবা খরা

হৈবা অমসুং হৈতবা হায়বদুন, তোঙান থমখ্রগা তমনিংবা ইপাউদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপগুম তৌই। মীনা হেক তৌরিমখৈ তৌনিংবদি লৈ অদুবু হৈতে। অখঙ অহৈশিংগী মনাক্তা চঙউ, মী য়াম্না পুল্লু তাকপীরকই নুংশিবশিংনা। মী য়াম্না তিন্নবগী কান্নবসু লৈ। নকশিন্নবদি লাইরদুনা মীপুম খুদিংমক্তগী তপ্না তপ্না লাপথোকপা পাল্লকই, ইঙম ঙমদে। ধোরি অমনা চিংশিল্লকই, হেক্তা নকশিন্নখি। ঙমদে তশেংনা অৱাবনি।

পুন্সিদা নীংঙমদবা অমদি তশেংনা লৈখি। ২০০৫গী দিসেম্বর থাদা মহারাষ্ট্রা অমসুং দেল্লিদা কোয়রুবদগী থেংনরকপা কয়াগী লমকোয় ৱারী অমতা ফোঙগে হায়দুনা ইরকপগী পরিংদা শনিগী মীৎযেংদগী বাইতিং পেদ (দাইরি) অদু মাঙখি, কপখি অহিং খবা। খনখি অসুক ফোঙহন্নিংদবসিদি অমত্তা ফোঙলরোই হায়দুনা। চহি খবা হৌখ্রবসু **"ঈশিংথিংবী"**গী তম্লিংবা মপাউদি অসুম অসুম হেনগৎলকখি। ফোঙদবা য়াদ্রে অবোইবা ওইনা শৈবেংগী লাইরিক অমা। লোইশিন্দ্রিবা নোভেল অমগী মবাইবক্তী তম্বা ঙমদ্রে মণিপুবগী ইরাং মবকসিদা। সুম খল্লগা মমৈথংদা হান্না লৈবম্না শৈবেং খবদগী জালিগী পোলাং অমদা হাপ্তুনা নকপদা ফোঙবা যাবা শৈবেং ৬০বোমদমক তাবকখি। তাবক্ত্রিবশিংগী মবাইবক্লা কবি? তাগে তাগে তৌবা খবা অমদি চিংথবিখি ঐনা। চেকুপ ওনবসু যাওখ্রে, থৱায হাপখিবসু যাওখ্রে। লাইবিক অসিদা মতম মতমগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙশিংদা হাপখ্রবা, ওল ইন্দিয়া বেদিও ইম্ফালগী নহাবোল খোঞ্জেলদা শন্দোকখ্রবা খবসু হাপচনবা অযাবা পীবিরকপগীদমক মবী লৈনবশিংবু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

চহি অনীবোমগী মমাংদগী কলমগী থৌ পুবীবিবা ওজা সনাহোংবা মঙাংগা তাথোক তাশিন তৌমিন্নবগী মতম কাযথোকপীখিবা, অনৌবা খৃৎশেম খববু পামিন্নদুনা হেন্না ফবা সজেসন পীবিবকখিবা ওজা দোনেশ্বব কোন্সম, ঐগী নুংশিজববা ইয়াম্বা অনি থৌদাম নেত্রজিৎ অমদি ও.সি.মৈরাগী তৌবিমল কাওজরোই। লোয়ন-লোযননা জেনরেল সেক্রেতবি রাকেস নাওরেম অমদি কলমগী লূপলোই খুদিংমক্কী থৌজাল লৈহৌবসনু থম্মোয়দা। ডিজিনেট প্রিন্টবস-কী প্রোপাইতব থিঙুজম ভুমেশ্বব অমসুং কম্প্যুটর টাইপ সেটিং তৌবীরকপা তামো অরুনুনা অথুবা মতমদা লাইরিকসি নম্বীবগী থৌদাং লৌবিবগী থাগৎচবসু লৈজে। ইমেজগী ইদিটর ওইবীরিবা রঞ্জন সলামগী তৌবীমলসু থম্মোয়দা নাউপুজরি। লাইরিক অসিগী মখুমগী শক্তম য়েকপিখিবা ইয়াম্বা বনধিবকুমাবগী মফমদসু তৌবিমল উৎচরি। লাইরিকসিগী অফবা খুদিংমক মীযামগীনি, অবান-অহুই থেংনরবদি পূম্নমক ঐগী অশোনবনি। তাকপীরকপা খুদিংমক ফিগাউ য়ানা য়াজবি। **ঈশিংথিংবী অমসুং মাগী ঈশৈ** (Eshıngthıngbı and ıts Memodıes) মীয়ামগী খৃৎতা শিন্নজরে।

- *অইবা*

# য়াওফম তাকপা

| শৈরেং | | নমায় | শৈরেং | | নমায় |
|---|---|---|---|---|---|
| ওয়োকইদা লাংওনসিদা | - | ১ | তরেংকী ৱারী | - | ২৩ |
| মরোল থোকত্রবা হকচাং | - | ২ | কপসিরা ঐবু | - | ২৫ |
| পোষ্ট মোর্তেম | - | ৩ | লমদমসিগী | - | ২৬ |
| মফমদুদা | - | ৪ | মী | - | ২৭ |
| ঈমা | - | ৫ | হকচাং পোলাংদং থম্বীরল্লবদি | - | ২৮ |
| ঙসিগী পুৱারী | - | ৭ | পুৱারী | - | ২৯ |
| ঐ | - | ১০ | থম্মোয়নুংদগী | - | ৩০ |
| লৈবায়দগী ঈনিলখোল | - | ১১ | শো লোন্দুনা কৈদৌরুনি | - | ৩১ |
| মপূং ফাদ্রিবা শৈরোল | - | ১২ | ঙরাং, ঙসি, হয়েং | - | ৩২ |
| অনী চৎপিনা তৎলবদা | - | ১৩ | থাংবন থানা লাকপদা | - | ৩৩ |
| মীকুপ্তো | - | ১৪ | খোঙ্গুল লিরুবদা | - | ৩৫ |
| নোংমৈ | - | ১৫ | লোক্তাক | - | ৩৬ |
| লাই নীংখিসিরা ? | - | ১৬ | শিবগী নুমিৎ কৈদৌঙৈনো | - | ৩৭ |
| য়াকাইরোল ঈশৈ | - | ১৭ | তাইবঙ | - | ৩৮ |
| ঐ অমসুং নঙ | - | ১৮ | পুক্সি | - | ৩৯ |
| পাথৌ নঙবু তাবরা ? | - | ১৯ | নীংঙমদবা | - | ৪১ |
| থাজবা ঙমদ্রি লুংনিংলা | - | ২০ | চম্বল | - | ৪২ |
| ঙসিগী কংলৈপূং | - | ২১ | লোক্তাক্না মতা ওইনিংবী গঙ্গা | - | ৪৩ |

# য়াওফম তাকপা

## ওম্মোকইদা লাংওনসিদা

অমম্বগী ফিজংনা খনশ্লবদা
শোঞ্জবা নত্তনা নহাকপু
নীংশিংজবা নত্তনা থৌদোকশিংবু
করিবু হায়রুনি চান্নবী ।।

লাইরৈপাক্কী থাজ ও
মীকুপ অমতং ননাক্তা
য়াবিগদ্রা লেপচবা;
থৌজানবীরল্লবা নহাক্লা
লাকচগে থল্লায় মঙামক,

কিজৈ
করিগুম্বা ননাক্তা চঙজবা ফঙদ্রবা
হকচাংগা কায়নরুরগা তাইবঙদগী,
হরাওজগনি মীকুপ অমগী মীরেলসিনা
চাইথবিবল্লবা নুংশিনা লাইবৈপাক্তগী নঙনা ।।

তল্লমদ্রবসু মপোকসিদা নঙ ঐ
তাল্লুম্মু মথংগী লাংওন
নহানমখৈ নোকচখিবগী
ফংজবিবা কপচবা,
শকখিবা ব্রাশক, হায়নখিবা ব্রাহৈশিং
পুম্সি চেঙজেলসিদা
থল্লকখিবা নুংশি পরৈদো
হল্লল্লরোইদ্রা মপোকসিদা।

(২৩/৪/২০০২)

## মরোল খোকত্রবা হৃকচাং

হৃকচাংনা থব্রায়দুগা খায়নত্রবদা
খনখ্রে অব্রাবা কোক্লবগুম
পুনত্রবগুম শেংলবা থব্রায়গী তুংনফমদা।
অদুমকপু মাগী লিক্লমচৎতুনা
মপূনা লেপহল্লি
অতিয়া ফিবান্নুংদা॥
কপচরি পিরাং শিন্থদুনা
ঙমখিদ্রবা শিন্থাশিংবু নৌহৌননা।
খঞ্জবতনি,
নোক্লি থব্রায়শিংদুনা
নীংঙমদা পিরাংদু উবগা,
খঙজদে মশানদি হন্ন-হন্না য়েংলবসু
মাঙলমচৎকী অখুবা লন্থীশিং
তারুদ্রি য়াক্লবা খোঞ্জেলশিং
“নশানা শেমজবনি লন্থী
পাকত্রবা লন্থীসিদা তাইবঙগী
পিকশিল্লক্লি নঙোন্দা”
মরিং-মরাংবা সনাগী কৈরাক্তগী।

নোঞ্জে হন্ন-হন্না মঙোন্দা
শেন্থা ঙন্নরোইদবা পুন্সিগী
ঙাকপীনবা; থৌজাল পীবিনবা।
হায়জবতনি তাবিদে পুন্নমক
হৌজিকমক লাপথোকপা পান্নি
মীওইবগী হৌনশাদগী
মসিবু ওইথোক্লকখিগদ্রা ?

২/৫/২০০১

## পোষ্ট মোর্তেম

নুংশি হৈতবশা !

মনমদা চৈনা ’মত্তা থাংখিদ্রিবা
নৌরবা উনশাদা শোকপিগনু,

নত্তে, নত্তে পুজশ্রগে
মরাল লৈজদবা ঈচানি
পীবিরো মমা ওইবী ঐঙোন্দা ॥

মচেৎ-মচেৎ শিরমদাইসু
চৈনা খাঙখি য়াম্না ৱানা
ঙসিসু য়েংখিগদরা ?

থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদো
হঞ্জিন হঞ্জিন লেন্দুনা
অমুকশু শান্নখিসিরা
ওম্ভোক্তুনা শান্নপোৎ ॥

ৱাহম্ভোক লৈত্রবা পোষ্ট মোর্তেমনা
খুন্নাইসিবু চেপথ-চেপথ য়েংদুনা নোক্লি।

(৫/৮/০২)

## মফমদুদা

লুচিংবা অমত্তা থল্লগুমসি
খঙজরে মখোয়গী মীনুংশি,
মীবমগী লান্মী লৌথোকসি
খাঙবা ঙমদ্রে মখোয়গী ব্রায়েন,

লৈঙাক চুপ্লি মুৎথৎসি
অশি-অনা তোয়মল্লি,
নীংতম্বসু পামদরে
ইরৎ-ইনম তৎমল্লে
শৰ্দ-শয়াং কেন্নক্লে;

নুংঙাইবসু পামদরে
অমাংবতনা মশিং হেল্লক্লে,
শেন্দোং তান্নিংদ্রে কৈথেলসিদা
শেনহুৎ ফংদে; শেন্দোই মাঙলে

চাওখৎপা করিনো খঙজদে
অফবা কনানো হংজরোই
অচুম্বসু অমুক থিরবোই
ব্রারবসু ইশরুক
নুংঙাইরবসু অদু মঙাই
ইথন্তা হিংবা অমুক তল্লগে॥

(২৪/১/০২)

# ঈমা

নঙগী নশাইগোনসে ঈমা,
অৱাংপা অমতা লৈতেনে।

চীংনা কোয়না পনশাবা
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
পাম্বা তরুক্লা থৌগনবী
নহাক্কী নগুণ শৈথাবা
ঙম্লোই পাঙদ্রবা নচানা।

য়েংলুবা খুদিং পূক্কে চোনবী
মহৌশাগী ফজবা নহাক্কী পোৎথোক্লী
লোইনাইদবী ঈমা।

ঈমাগী কোলোই থাদুনা লোইরোই
ঙম্লরোই ইদুনা ঈমাগী শৈরেং
অশংবা লবূক, অচিকপা চীংয়া
নামিবা মলয়া, য়েন্নিংথাগী লৈকোল
হোংদে নঙগী কোলোইদি
অদুবু লৈ অহোংবদি মহৌশা অমসুং চারোনশিং।।

লেপ্লাইদবা নোংইনগী জগোয়
ফৃইনা হৌবা নোংজুবক্তা।

পাম্বা নাইবা মহৌশা
পোশ্বী চেক্লাগী য়াকাঁয়ফম্লী
শীঙেল লৈরাংগী নাউয়োকফম্লী
লৈত্রে ঈমাগী অৱাংপা পোৎথোক
অদুবু লৈ ঈমাগী ফত্তুবা নচাশিং।।

চীংলৈবাক্কী ঝাউথাংনবা মচু
ফৌনাগী শাথেক মরক্তা
উরেং কোম্বৌগী হৈরা খোঞ্জেল
কোকিল, শঙাইগী নুংশিবা মিংলেনদি
মমিংতা ঙাইরেনা ঈমা,

খোম্থাংদি তারি খোঞ্জেলদি তাদ্রে
অদুগী নঙগী তাম্মা, চরোই তেতু
মালংগী ইপোমতা ঙাইহৌরে
ঝাখলগী তাম্থাদা।।

পাঙ্গলবা নহাক্কী নচাশিংসে
মথৌনা লোৎশিন্দুনা
কপচ-শোঞ্জবতনা মপুম্বিগী লাইনিংগুম
কঙাওনদুনা লৈরেনে,

লাকখিগদ্রা লমতাকপিনবা
চৎকদবা অশেংবা লম্বীদুগী
নৎত্রবদি ঈমা নচাশিংসে
থাসিগী মথক্তা মন্নবা ফিজোলনা
মরোল মরোল কুপশিনখ্রগনি।।

(২/৯/২০০০)

# ঙসিগী পুৱারী

ইরমলসি মুৎপা নাইররোইদবা ময়েক্লা
২১শুবা চহিচাগী অহানবা লমায়দা
হনবা লৈত্রবা কংলৈচাশিংগী থৌনাবু
নীংশিংহৌননবা তুংগী মীরোল লিশিং-লিশিংনা

ঙমখৈগী লানফমদা
থৱায়না গোম্বা পীখিবা নখোয়দা
কৎচরি ঙসিদি ৱাখল অমসুং ঈ
থম্মোয়গী লৈরাং খুজোক-খুজোক
পিরাংগী লৈনা মরিক-মরিক
নখোয়গী নতুং ইন্বা ঙমজনবা।।

কুইখিদ্রি কুইখিদ্রি
ঙরাংতা ওইরবোই খল্লুরে
অমম্বা মৈখু মরক্তা
অঙাংবা ঈখেঙ চেনখিবদো।

কনাগী করম্বা থম্মোয়দা
মৈচাক কোকপা য়াওরমগনি ?

থাঙ-তাগী জগোয়সু নত্তেদো
বোম তোপকী শক্তিসু ওইদেদো
ঈমাবু নুংশিবগী থৌনানি
অপূনবা মীয়ামগী খোল্লাওনি
কাউদ্রি কাউদ্রি ঙসিসু!!

কায়ননবা, লাপ্লনবা নত্তেদো
থুংননবা, নুংশিননবা ওইরম্লে।
অপিকপা মৈরি ওইরসু
ঙালহনখি মালেম লৈকোয়পৃংসিদা,

হে কংলৈপাক, হে কংলৈপূং
নঙগী ফীরালদি পাইরিনে ঙসিসু
অতিয়াদা মনীংতম্না॥

মীগী মখাদা হিংঙমদবা ফুরুপনি
মশাতগী শরুনা তরাগী য়াইফনবা তানখিবা
মখোয়গী চারোল শুরোলনি
কনাবুনো ঐখোয়না কিগদবা
অচুম্বতনি য়াইফনবা মীয়ামগী,
খাইদে ঐখোয়দা জাতি-ফুরুপ
কনানা সিখ, কনানা খৃষ্ট্যান
কনানা মীতৈ, কনানা জৈন
ঐখোয় ঈমা অমতগী মচানি।
অপূনবগী ৱাখলতবু যোকখৎচবা
তোখাই তাবগী ৱাখলবু মাঙহনবা
চৎনর্বিনি য়েলহৌঙৈদগী খুন্নাইসিদা॥

লৈবাংগী লৈকোলনি
হরাও কুম্মৈগী তূংনফমনি
মীনা তৌবতা হোয়াবা
শাওরক্লগা মথি ফোংবা
শিনি নানি খঙদবা
তোপ তোপ্পা খুন্নাইসিগী চৎনর্বিনি।

ঙসিগী মীবোলদগী তুংগীনা হেন্না পাম্মুজৈ
মীবোলসি মাঙজসনু হয়েংগীদমক্তা
পাম্মুদে দলান মপাঙ্খোংগী
কিবীদে নোংমৈ গুল্লি, পামুজৈ ঈমা লৈবাক্লা
লেম্না মাংহন্দবা য়েক্লবশিংবু
লেঙদ্রবা ৱাশক্তি পুৱারীনা শাক্কিনি॥

য়েংজরগে পাথৌ নখোয়বু
কেক্রুপাংকী মশাইগোন্দা
কাউজররোই চক খুদিং কুমজা খুদিং
ইঙা থাগী থয়াই জুনগীনা ১৮
নীংঙমদবগী খোয়শাওনরবা নুমিৎ
শজি অমোম্না নোংশা ওনখিবা নুমিৎ।।

খূরক্কী ঈনা লাই শারিবা
চহি কয়াদগী ঙাক্লক্লবা
য়োং হৈশিংবশিংনা
কায়হনবা য়ারোই মরম অমতগী শাফুনা
কলমগনি থবায়না উফুল ওনদ্রিবৈঙে
ঈমা লৈবাক নঙগীদমক ঙমজবা খরদং।

(১৩/৬/০২)

## ঐ

খৌবোম থল্লে ঐহাকতি
পাঙদবা মখোয়গী মশাদগী
অঙাংবা মচুগী ঈখেংতনা ॥

লৌনম কযানা শুম্বৎখ্রে
অপঙবা মখোয়,
নুংঙাইবতনি ঐনা পামজবা
তানিংদে মীকপ মীবাওখোল ॥

লৈজগে
কনানসু লান্দবা ঙমদনা
চানিংবতা চা, থক্লিংবতা থক
নিংথৌ ওইদুনা মখোযগী ॥

(২৭/৭/০১)

## লৈরায়দগী ঈনিলখোল

থৌ চিনবা মীয়ামনি
অথোই অহেনবী চাংয়েংনি।

কনাসু মীনুংশি লৈনদে
ঐ-ঐনা হেন্দবা য়াদে খন্দুনা॥

মাগী মাগী মথৌদগী
পাকথনখিবদগী ঙক হাইগৎনরক্তে,
অদুবু মমল লৌদুনা মতেংদি পাঙনরি॥

পূম্নমক মাগী শিন্থানি
থারকইবনি য়াথং কায়দনবা,
লানফম অসিদা হোৎনজমন ফংদে
থৱায় থাখিবসু কোঙ্গাইনি॥

মসিমক্না ঐঙোন্দা মঙ ওইহল্লি
মঙ ওইববসু মঙদবা য়াদে
ইন্দবা যাদে মহাক্কী য়াথং,
থৌচিনবা মীয়ামবু উরগা
মতমদুবু পাম্মুজৈ
ইশাগীদি ঐ খনবা নংদ্রি॥

য়াথংগী অবোইবা মীকুপ্তা
কনামত্তা লৈরমদে যেংলুবদা,
মসিবু খল্লুরগা থম্মোয় কায
কৌরকই ঐবু তৎতনা
ঈরাওখোলগা লৈরায অদুগী ঈনিলখোলগা
ঙমদ্রি পল্লোন ৱাংমা লানহনখিবা॥

(৭/৭/০৩)

# মপূং ফাম্রিবা শৈরোল

হিংবসু পামজদে মীথা পোন্না
চাবসু পামজদে তাংজদুনা
হুমাংমল ঈরিক লৈরিঙৈ।।

মীগী হুমাংনা লনগৈ শেম্মিবা
ঈশিংনা পিরাং ওইনা শিন্থুরিবা
লৈবাক নীংবা অথৌবশা।।

থম্মোয়দা মীনুংশিগী ঈচেল কংলবা
অনৌবা উপাল কয়া থাদুনা
ঙম্লোই অনৌবা য়েন্নিংথা।।

লৈকোলসিদা
অহাওবা
ফজবা
নাপল
কানররোই শজিগী চিংরোংনা।।

ঙমখো থম্মোয়দগী মীনুংশি
থমখো ৱাখলদগী কল্লকপা।।

(২০/১১/০২)

## অনী চৎপিনা তৎলবদা

পামজদে 'ডেমোক্রেসি'
নঙদি 'সেক্যুলরিজম' পান্লিবরা ?
মখোয়না তাল্লি 'সোভরেন্টি'

পূম্নমক তাৎনি, মীনম্বনি, ওইদবনি ঙাইহাক্কী!

শীজিন্নবা য়াদ্রে মীওইবা
অমনা অফবা, অমনা অচুম্বা
পম্থুংদি ?

অনীশুদবা য়াবোই মতমসিদা
চৎতবা য়াদদুনা অনীথোক্লা চৎপসে
শীজিন্নবা য়াদনা শীজিন্নরিবা অনী চৎপিসে
চৎনবীনি লমদম অসিগী।।

চাওখৎপগী লৈইদা লেপ্তুনা
খল্লিঙৈ হেন্নবা চুং ফীরাল
অব্রাবনি ! নচা পূম্নমক তোঙানলে
অনী চৎপিনা তৎলবদা।।

শিনখ্রে মতম্না অনী চৎপিবু
মশক মতৌ ফজরবা অহনবা ময়েক্লা
অদুবু ঙমদ্রি মীওইবদি
চহি লিশিং কয়া হৌখ্রবসু।।

(২/২/২০০০)

## মীকু প্তো

ঙাইরক্লি নিঙোল কয়ানা
ঙাইঙমদা হিয়াঙ্গেগী নীনিবু,

থিরুনবা নুংশি লিক্লম
ফাৎলুনবা ইরম খোংলম মরী মতাগী

কোহ্লিং কারবাপাইপ্তুবু
চামথোক-চামথোক্লুনা
লুক হারি লুকোয় কয়ানা
নিঙোল চাক্লৌবা নুমিৎসিদা।।

পলদুনা লাইরবগী
ঙমজদ্রি মমীৎ থকহন্বা অয়েংবশিংদা
হাঙলবা কোনপাক্লুসু ঙমদ্রি চোলহনবা।।

পান্দোং ফাবক্লুবা মরীদুনা
করিবু খুদোল তম্লক্কদৌবি ?

নুপী মৰা চৎপা মবুং মপ্পাশিং
মমৌ কিজবা মনেম মকুদুনা

হবাওখিগদ্রা মচা ঐখোয়বু উবগা ?

পোৎলুমসিনা নম্থরক্লুনা
ফোং ফোং শাই লৰাই লুতোন
চৎনবীসিনা অসুম কনসিল্লক্লবা
খৌরাংলবা মীকুপসিবু
মতম অমদা-
ওইনিংলকখিগদ্রা শাগৈ ওনখ্রবীশিংনা।।

(২৮/১০/০২)

## নোংমৈ

অচুম্বনা নুংঙাইনা হিংলকখিগদ্রা ?

অরানবনা মথন্তা মাঙজখিগদ্রা ?

অমম-অঙান্না ব্রায়েন চৎথবা ঙাইখিসিরা?

শিবা, অরুবা থবক নৎলমদ্রে ॥
ইরাং মকোন শাখরে
য়েক্লবনা চক্ষু থনখরে
অচুম্বসু লৈখা তাখরে
অরানবদি মনা ফংখরে
শিবা চঙবা অনিগী চাংয়েংদা ॥

থৌনা ফবা
লৈতে নঙোন্দা অব্রাবগী চৈনা
মীনা কপ্পগা নঙদি নোকচৈ
মীনা ব্রাবগা মতেং হেক্তা পাংলুরি
তায়োন্নে পূন্নমক নঙোন্দা ॥
কনাগী মীচংদা লেপ্লিবা নঙনা
মশক খঙলমদবা মরূপ কয়া
থিরক্লে নঙগী খোঙ্গুল,
নঙনবু ইনাক্তা লৈরবা
লোইজরে পূন্নমক ঐগীদি,
নঙনা পাঙ্গল ওইজগে,
নঙগী মপূ ওইজগে
ওইজগে পূন্নমক্কী লুচিংবা
মসিমক্লনি ঐনা নঙবু নীংজরিবা ॥

৩/৭/২০০১

# লাই নীংখিসিরা ?

নীংই অদুমক খুরুমজে তত্তনা
ইথৌনি খল্লি নোংমগী
হায়জে অহেনবতা ওইজগে
অচুম্বা লাইনিং ফংজগে
অদুবু নীংজবগী মহৈদি
পিরাংতনি, নোংমতা মীনোক তমদ্রি
ফত্তবতা ওইরকই, অৱাবতা নংলকই ।।

য়াওখিদ্রি তাখিদ্রি নোংমতা
অফবা লাই ওক্লবগী,

মসি নঙবু নীংজবগী মহৈরা ?

নঙনা অমুক্তা লমজিংদে
নীংজবনা নঙোন্দামাইথিরগা লাইবক্তা
মসিদনি ঐনা পেন্দ্রিবা
তত্তনা নফমদা ৱারৌরিবা ।।

অমুক্তং চান্বীয়ু
নঙোন্দা লুপচনবা
'দুবু ফংলবা পুন্সিসে নঙগীনি;
পূম্নমক উরিবনি হায়রগা
চৈবাক ! শিথ্রগা পামজদে,
উৎপিয়ু, খোঞ্জেল থোকপিয়ু মাঙদা
নহাক তাইবঙ মপূনি ।।

নঙগী নশেক নঙালদা
ইশানা ইশাবু খঙলক্লবদা
তায়োন্নবা তাইবঙসে
নোকনীংবা ফাওরক্লে ।।

(১০/৯/০২)

## য়াকাইরোল ঈশৈ

ঈমা নহাক্কী তূন্নুরবা নচাশিং
মীকপ থোকপা হৌরক্লে,
য়েংঙু অতিয়াগী ঈপাক্তা
তনিক তনিক কোরৌনা থোক্লিবা
অমঙবা, অহেনবা মায়থোং উৎত
ঈং চিক্লবগী পাউজেলনা॥

নচা কয়ানা য়াকাইরোল শক্লি
খোম্থাং যৈনা মালেমদা
থিরক্লে খূনাম ঈমাগী অকোয়বদা
উরগা মতিক য়েক্লবগী
মথৌদি শঙবগুম তৌরি
মসিসু পুৱারী নৎত্রনে?

লৈতেং মহৌশাগী,
নাৎ অমসুং লমদমসিগী পোৎথোক
পাউদল্লি মালেমদা
যাকাইববা নচাশিংনা নশুংলাংগী
লেপ্লবনি ঙসিদি নশাইগোন্দা॥

(১৪/১/০৩)

# ঐ অমসুং নঙ

ঐনা নুপী ওইরম্বগী
নুপা নঙ লৈরম্বনি;

ঐ লৈরম্লিবসিসু নঙননি,

অদুবু নঙদি চীংদোল ওইনিংই
ঐবুনা চীংখোঙদা থম্লীংই।

নুংশিৎ শহুম লাকপদা
নোংমৈ শিংজং খোঞ্জেল তাবদা
নঙগীদমক কোয়চেন চেঞ্জবনি পাখৎচবনা
অদুবু ঐনা ৱারবা মতমসিদা চীংদোলনা খঙদে।
নঙগী তাম্বাদা ঐ
জগোয অমুক শারবোই,
জগোয শাবীসু নত্তে ঐ
নঙগী থম্মোযনা পেন্নবা শাখিবনি

অদুবু
ঐনা খঙলে,
নঙ অমুক নুংশি হায়বনু
লৈবাংগুম তথোৎপী থাগৎপিবনু ঐবু,

মিৎশেন খাংলবোই অমুক
মীনুংশি চাউবীনিসু হায়রক্কনু
মুৎথৎলনি মৈরাসে।

৮/১১/২০০৩

## পাথৌ নঙবু তাবরা ?

খোর্জে খূৎতা পায় থিরী পাথৌ নহাকপু !
কংলৈপোকপি ঈমাদা
পাথৌ লিক্লম হংলুরে
চীংদোল পল্লা কোবৌসু,
অমম্বা লোক্লুং, সমুদ্রা
কংলৈ পূক্কৈসু য়েংলুরে
অদুবু খোঞ্জেলতনি; নহাক্তি লৈরমদে।।

থাজরম্বা 'মিংচৎ' হেকচরম্বা লৈবাংশিং !
তাউজিং মহৈ য়ানখরে
মীহৌ চাওবা কয়াদি
ঈহিং নাইহিং তাখবে,
লৈশাং হিদেন তোর্ব্বান্দা
লোকমায খুদেং শাবীদা
নঙগী খূৎনাম ফংজরে।।

অখাঙ কম্বী নম্বুল, পূকচেল তম্পী চন্দ্রনিদি
তমজখি ইপাও শকউদবা নহাক্কী,
খোর্জে মুক' লোইখিদ্রি
ঈমাগী লমন শিংদবী
খূরৌ যোহ্লিং থোক্তরি,
মীতৈ পাম্বোম অশৈবা "নঙবু কৌজবতা মঙাইরে"।।

লৈবাং মিংদি তাবগা শীঙেন শক্তি উদবা
থাপ্লা নল্লা খোয়রাংবা
নকশিল্লুরা পিনৌবা
নরোয়-নচা লিশিংনি,
পাথৌ নঙবু হল্লকখো
মবুক চাউবা কবিশিংগী
লৈহাও চেনবা লমদমসিদা।।

(২৭/১/০৪)

# থাজবা ঙমদ্রি লুংনিংলা

লুংনিলা,

নঙদি তরেৎকী থবাতোননি
ঙমখিদ্রে নবুং তরেৎনা

পলেম লিশিংগী পিরাং খকহন্বা ।।

মীকুপ অমা পোৎথাখিবদি নৎতেকো ।।
থিরুবনি শা কৈনা থল্লবা
শুক্লবা উমং কয়াদা,

তময়া নক্লা শারাক তন্বীরম্লে ঈচনবু
নাইতোম পোকপী হৌনশা
ইকায়থিবী, নাউথি শাবদো
ফংলরোই অমুক ।।
কিগন্বা ঈচনগী মতৌদা
পলেম পম্থৌনা লক্লবদা
পেন্না পেন্না নোকমিন্নবসু
ফংলরোইদকো লাইবক থিবী ।।

থাজবা ঙমদ্রিনে ঙসিসু
তমথিরবা নহাক্কী শক্তমদো ।।

মায়থোং খেগুম লাংলরোই
থম্মোয় পেন্না নোক্লগে
মনা পূংলা শিদা পাম্বীনা
মিংশেল ওইনা
হৌরনি চিকখোন-নাউকোল্লিবা পামেল ওইনা ।।

## ঙসিগী কংলৈপূং

নুংশিববী ঈমা
শেংলবা ঈগী চাবাশিং
অথৌবা কয়াগী মপাঙ্গল
লোৎখ্রে ঙসিদি পুম্নমক
ওইররে মীহাৎপূংগী লমদম ।।

কদায়দা লৈখ্রে নখোয়গী থৌনা
কদোমদা চৎখ্রে ঈপা-ঈপুশিংগী লিংজেল
লৈররোই, তাররোই কনানসু,
ঈ মশেল য়েক্লরিঙৈ ।।

থাবুম তরা নাউপুবী
খোল্লাং চাম্মগী থরায় ঈরিক,
কবিগীনো ঈমাগী মীৎলুগী পিরাং শিন্থহল্লিবা ?

নীংশিংদবরা ১৮১৯ অৱাগী লানফমদো
চহি তরেৎ খুন্তাকপা
মশানা মশাবু শকখঙদবা
নিংথৌ মচাশিংগী মীহৌ চাউবদা,

জুন ১৮গী লালহৌ
কাউবা য়াগদরা
ফমগী মীকাবশিংগী কুম্মৈ মরক্তা।
ঙসিনা
লায়নাগী ইতিনফম ইরবা,
মিহৌবনা ইরাং শাদুনা
ঈমুংগী য়াই মুন্নরিঙৈ
মীয়ানচানা লেপ্লরে নঙগী শুমাংদা ।।

ফম্বা চল্লগা হীপ্পা চনখ্রে
নোংমগী মীথুং ওইরম্বা
কাখ্রে ঙসিনা সনাগী তাঙবলদা
গল্লাগী ফজরবা খুৎশেম ওইদুনা ॥

ইজ্জৎ চাউবী মীতৈচাশা !
পূকচেল চাউবা কনগী মরুপশিং
চীনবানগী খোইহি লেক্লিবৈ
ঈমানা পিরাং শিন্থুরি ॥

থিগদবা নৎতে ফজবা ব্রাহৈশিং
কবিগী পূক্কৈদা হাপ্লবা
থোকচরক্কনি পুৱারিগী ব্রাবীশিং
মতম্না নঙগী খন্দুনা ॥

হিংবগী হক
খুৎলাই পাযবা লৈঙাক্তা
লূকমাই থম্বৌ ওইখ্রে,
য়েক্লবনা কোঙ্গোয হুকখ্রে
শেৎ শেৎতুনা
অনৌবা লমায় অমদা ॥

১৩/৬/২০০২

# তরেৎকী ৰারী

থম্বাল থরো থারিক থা
ঈরৈ য়াওদবা ইপোমদা
মালংগী তাম্বাদা
থেক্লা নৌনা শান্নজবা
মপুং ফাদে হায়নৈদো।

পামজৈ মায়কৈ কয়াগী শহুমগা
ঈচেলগী তাংথক নাইহনবা
অদুবু পেম্বোকচৈ মহাক্তি
তাইবঙগী মীৎত্রং খঙবনা।

তবেৎকী খোঙচৎ অহাম্বা
অঙকপা তবেৎকী থৌনাদো;
নোংজাবীগী তথকপা
কঁরিবু হাযনা শিংথাশিগে ?

মমোম তবেৎকী নিংথিবা
মীহৌদবা কনানো ?

লাইওইখ্রবা কযানা
থম্বীবল্লবা উপাললনি,
উপাললনি, মপৃগী উপাল।

থৱায় মিবেল কয়াসু
মপুং ফাজৈ মিগা থানা তবেৎনা,
খোল্লে তবেৎকী ঈশৈনি
লোইবা নাইদ্রবা খোম্বাংদা
পূনশিনখি থম্মোযগী তাম্বাগা।।

মীকুপ খবগী মতুংদা
যেম্বোকখি মাযকৈ খঙদনা
পুন্সিগী অবোইবা তাঙ্কক যৌনা।।

কপ্লগনু নব্রা
নুংঙাইনা তূমখুল য়াতাবো,
পলেমগী কায়র থম্মোয় নত্তুনা
অব্রাবগী শক্লোন ঙাক্তনি
ঙংলগনি অখাক অরাও থাঙশাংগুম্না ।।

হৈনম লৈনম তরেৎনি,
শিদয়াই-নাদয়াই হিদাক্লি
শায়োন কয়াসু মাঙখিনি।।
হে তাইবঙ মীওইবা !
তরেৎকী খোঙফম অচেৎপা
শোম্বীয়ু নুংশি লাইব্রা,
য়েংবীরো মান্নবা মীৎয়েংদা
হে অবোম্বা
হে কল্লকপা
হে ঈ খঙদবশা !
পুনবীরো তৎলবোইদবা থৌরিনা
ফুকপকী অখুবা মীৎয়েং থাদোক্লুনা
চিংশিন্বীবো নহাক্কী নতম্বাক্তা
তমজনবা অপুনবগী শক্তমদো ।।

(২২/৪/০২)

## কপসিন্না ঐবু

থাজরুদে ঐদি অসুন্না
য়াম থুনকা লাক্কনি হায়বা,

অদুবু লাক্লন্নে মাদি
অনৌবা মঙলান কয়া পুরদুনা।।

ঙন্নরোই মনীং থুংহনবা
চান্নবী মহাক অমসুং মতমবু

নীংঙমদবা থম্মোয়বু থেমজবা নত্তনা।।

সনা-তম্ফাগী লমজেলদা পিরাংনা
ঙন্নোই মায়থোং মকা লামহনবা,

মনতিক্লনিংঙাই খুদোল
ব্রাহে
লৈতে ঐগীদি থম্মোযগী।

(১০/১/০৩)

য়েৎনদবা নাওদে
মণিপুর কৌই, কংলৈপাক থোল্লি,
ময়েক ২৭, ময়েক ৩৬,
ঈমারোল, ঈপারোল,
লুচিংবা অমা, মীহুৎ অমা।।

ঙসিনা সরকারগী লায়েংশঙ
হয়েংনা প্রাইভেট ডাক্তর,
ঙরাগী মোইবাং থোইবী
ঙসিগীনা লাই খূৎশাংবী
থম্মোয়গী থারিকথা
চহি ফাদে য়াম্থৎখি।

লৈবাক নীংবা মরক্তা
নূং নীংঙসু য়াওবকই,
অনাবগী হিদাক; ময়াইগী চিঞ্জাক।

মণিপুর ঙমখৈ য়েক্লিঙৈ
ওজা তামু চঙলকই
লাল্লে হায়দুনা মুৎথৎলি,

অনৌবা ঙমখৈ য়েক্লকই

মহৈরোই অমা হৌগৎলি।

মনাক্তা ওজা চংলকই
শেনবুন অমা থনম্মী

মহৈরোইদু ফমথখি।।

(১৪/১/০৩)

# মী

কোয়না চৎপা মহাক্তো
থেংনৈ মফম খুদিংদা

মথন্তা চোইরোল লোল্লগা
অদুমক নোকই মথন্তা।।

মীওইবদি ওইরগা
শক্তমদো ওন্ন-তৈনবগুম

পূম্নমক অফ-ফত্তা থিদনা
হুকচিল্লি মচিন্দা মল্ল-মল্লদুনা।।

মীয়াম্না হঙ্গোয়বা পাৎথি-কোমথিদো
নুংঙাইনা শান্নবি, হিপ্লি মহাক্তি

মসিদনি ঐনা খল্লিবা
মাগী ৱাখলদি তোঙাল্লি।।

(২৪/১২/০২)

# হকচাং পোন্নাংদং থম্বীরম্লবদি

শাংলবা লম্বীসিদা মীয়াম
কনানা কনানো খঙনদ্রি ।।

লংজিন লাংদাইগী ঙমখৈদা
য়েক্লবগী অরানবা লম্বীদা
নাইতোম তানা লমফাংনখি ।।

থাখলগী ইপোম মরক্তা মাঙখ্রে শাগৎখ্রবা শক্তমশিং
চঙলুবা মফম খুদিং
ওইরম্লে শেঙলবা ঙাক্তা

অঙকপনি,
অশি লৈবাক ।।

থাদোক্লিংদা মরী-মতাশিং
থম্বীবম্লে শিংবৈথক্তা পোলাং

থাকখলগী পিকখ্রবা কাচিননুংদা থরায়গা
পোলাংদুতং থম্বীবম্লবা
তাক্লম্বা য়াবনি ঈগী খোঙ্গুল ।।

(১০/১/০৩)

* থাকখল = থন্দুরা

# পুন্নারী

হো ঈচে তম্পাকলৈ
খ্বাঙচেং চেংনা শেংপিয়ু
ঐখোয়গী ঙমখৈ ঙাক্লুসি ।।

মেমচা ইবেম্মা ঙাইখো-বা
ঈচা ঈপুরোইবগী থৌগল লোইখিগে
মফম খঙদবা লানফমনি ।।

অরোইবা য়াথং নিরক্কে
নীংঙমদবা পুন্না কোক্লবা
জুন ১৮দি ওইহন্নিংদে ।।

(১৫/১/০৩)

## থম্মোয়নুংদগী

চানিংবা হৈনি থম্মোয়না তাজবা
অব্রাবনি চানিংবা য়াম্বনা,

থাঙ য়াওদ্রবদা করম্না চাগনি,

হঞ্জিন্দুনা নুংগী চক্কীগুম
নুংশিবগী ব্রাহস্তোক ফজে
মমা-মচাগী; মরী-মতাগী
কল্লকপা নুংশিবা পিরাংগী মশক্নি,

নোকচবা পাম্বা কনাবু
পিরাংগী পল্লোননুংদা থম্বিরবদা
কনানা লাউরুনি থম্মোয়গী পাউজেল,

অশিবা মচানি অহিংবা খুদিং
অচুম্বা ঙাক্তনি অরানবা থম্মোয়
ফজবা ঙাকনি অমোৎপা থম্মোয় লোৎনবা,
অশেংবা ব্রাহস্তোক হল্লিবা কনাবু
অঙাওবা তাহল্লিবা ঙসিগী খুন্নাইসিদা

চাওখৎপদি মীনম্বনা য়োৎশিনখ্রে ।।

(৬/২/০৩)

## শো লোম্দুনা কৈদৌরুনি

মমলগী অনেম অৱাংদি
মপুংখক্তুন লেপকদবনি।

মনুংগী ইন্দ্রি উদ্রবসু
শোদি মপান্দা লোনশিনবা য়াই
হৈজ-শিংজবগী মথা পোন্না।।

লোন্নিংবা পোরোল লোল্লবসু
শিবা-নাবা কিদনা
হূখিগনি লোন্ন-থুপ্না থমজবা
হুমাংমল করিসু থৌশাদনা।।

নশাগী লম্বী থিরিঙৈ
তাঙ্গোয় তানা মাঙখ্রবদা
মৈদা ওইনা তাইনরি।।

থম্মোয়বু শো লোনশিনগনু
অচম্বা ফত্তবা কান্নদ্রবগুম লৌখিনি

মীৎমাংদা থম্বীয়ু চেকশিন্না
থম্মোয় পেস্তোকপা তমদুনা।।

(৭/২/০৩)

## ঙরাং, ঙসি, হয়েং

ঙরাংগী থৌদোক্তা
ঙসি লাক্কনি থাজদে,
হয়েংদি শরুক থুংলরোই নিংলুরে
অব্রাবা শক্তম কয়াদো ৷৷

অব্রাবা মতৌ য়েংঙমদা
ঙরাং চরা হাপখিবা
ঙসিদি মশক খঙখিদ্রে

মরুপনি খন্দুনা চঙলুবা
খোঙগী সেন্দলদা য়েংলকই
মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকই
অকোয়বদা থুনাম্বগী ব্রাখলদা ৷৷

য়ৈরুবদা কাংসি
অকাউবগী ঈরোন্নুংদা লূপখবে
লংলা লংজিন কাঙলুবদা
লমন থৌরে শাউরকই ৷৷

চাকখাউনা হাঙলবা মতমসিদা
মায়থোংদতা নুংশিনা য়েংলকই।

১৫/২/১৯৯৯

## লাংবন থানা লাকপদা

মাঙদা উরিবা ঈচেলসে
পুখিবা ঙল্লোই কৎনিংবশিং

অদুবু পাল্লি ঐনদি
ঙসিমক পুবিখিবা,

থাদবিরক্লো সনাগী কৈরাক
পীবিরো লমজঙ কৎচরগে থম্মোয়গী পিরাং
পূক্লিং থৌনা ঈংজনবা
লাঙবন থানা লাকপসিদা।।

পূমনৌ ফিজোল হোংদুনা
মঙাল অমগী

মুৎপা নাইররোইদবা মৈরাদো
থানবীরো ঐখোয়গী থম্মোয়দা।

ফিমল শেৎলবা ঈমাগী
ফিনৌ য়েন্নিং হোংদ্রিঙ
করিগী তাইবঙদগী লোৎলিবা
য়েংসি খূজি খুনাম

'অদুদি ঐখোয়
কদাইদা থিরুনি মহাকপু' ?

ব্রারুগনু মরূপ-ও
করিগী পূক্লিং লাংতক্লী
মহাক্তি শোয়দনা লৈরমগনি

লোযনাসিল্লোনগী পূক্কৈদা, থিয়েটরগী অচিকপদা
য়েংলুসি ঈমা কনাগী মনাক্তা
কৌরুসি লবুক লম্ফাংদা
য়েংলমগনিফৌনাগী জগোয়,
উদ্রগনা
চৎসি নেতাশিংগী মনাক্তা
লেপ্লমগনি মহাক্তি 'অচুম্বখক্তগী'
লৈরমনি মহাক্তি কৈশুমশঙদা
তাক্লিংদুনা অনৌবা পারা ।।

তিঙ্খং য়ূদ্রিবা শক্তম
চাংয়েং নিংহন্নরুরনু ;
শিলম য়াম্বা পাথৌনি
মাগী মরূপ ঙাক্তনি
"য়েংলুসি ফম্বাক কাখ্রবরা" ?

নত্তে মহাক্তি লমজিংবতনি ।।

উরে অথাপ্পা অঙ্গো নাপোমদা
নৎত্রনে মহাকসিবু

য়েংলি অচিকপসিদা
অদুবু অরান অহুইদি তাকপিদে
ঙসিদি খুন্নাইসিবু ৱারৌরে !

নত্তে, ওইরমগনি ঐখোয়বু

করিগীদমক ?

(২২৩/৭/০২)

## খোঙ্গুল লিরুবদা

পুরক্তে ঐদি অশিংবা তাউবা
পাম্বা খরদা ময়োল চোংবা
হঙ্গাম, থোইদিং, মরূ-মরাং

তৌরুদে ঐনা পুন্সি খোঙচৎ হৌরমদাই;

লৈখি চৎলমদাই খনখিবা
কাউররোই চঙখ্রবা কোক্তা,
কম্প্যুটর, নত্তে থৱায় পানবা
পূম্নমক ঙসিদি খঙলরোই
লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎতা
পম্বুংফম অমদি য়ৌদৌরে
মরমসিনা ঐ
খোঙ থাংবা ঙমদরে।।

খোঙফম অমা অনী হন্দুনা
য়েংলুই হৌখ্রবা খোঙ্গুলশিং
খোঙ্গুলগী মহুৎতা
ফুগ্রি থুংবা হঙোইনা
ঈশৈ শকপা উবদা
লম্বী লম্মুক্লখ্রে,

অচুম্বা লম্বী থিবদা
পম্বুং য়ৌদুনা লৈরম্লে।

লঙজরুববগী পিনা
থিংঙমদনা চেম্থরি
ঙসিতা খঙলকই
মীদি মী ওইনা হিংগদবনি।।

(২২/৭/০৩)

## লোক্তাক

য়েংলরো ঐবু
নখোয়না লৈকা খুদিং ওন-ওন্দুনা
ফংগনি নখোয়গী অপান্বা খুদিং।

কনবিয়ু হায়না লাউজখি
নৈহৎপিখি মীনুংশি খঙদা
মাঙজবনা অরোইবা পনখৈ য়ৌরবদা
করিগী ঙসিনা মীৎতা পিরাং ?

ঙসিদি ফৎতবী ওইরোই ঐ
মদুমক্লা ঐ ফিরেপসে লৌরিবনি।

নখোয়না লেন্নখিবা নৎত্রা
মদুসু কাউরম্লগনি নখোয়দি
নখোয়গী চাকখাউদা ইনীংতম্না শান্নখিবদো।

ফিভম অসিদা ঐ তশেংনা কপনিংই
অদুবু ব্রাহং অমতংগী পাউখুম
ঙাইদুনা নোকলি নখোয়গী মাঙসিদা।

থকলি মহি শুম-শুমদুনা
লংথোকপিরি মপ্রাম
মদুগীদমক ঐ কিরুদে,

ঐনা পান্নি
লোক্তাক
নৈরম্মী লমদমসিদা॥

(১৭/৮/০৩)

## শিবগী নুমিৎ কৈদৌঙৈনো

অচুম্বা কয়ানা লাল্লক্লবদা

শিনিংদবা কয়ানা শিরক্লবদা

ঐ থাজবা ঙল্লক্লে

পুক্সিসে শাংগনি নীংদ্রে

খূৎলাই পায়বা অঙম্বশা !

হায়রো ঐগী

শিবগী নুমিৎ কৈদৌঙৈনো ।।

(৯/১০/০৩)

## তাইবঙ

মবুক লাল্লবা ষনদো

হৌনা খোংলি

খোঙ্গাই শৎতুনা চারিবা মপূবু

নুংশিনা য়েংদুনা।

চৎলি লমশাং লেপ্তুনা

লোথরবা মপুবু পুবগা

মরম লৈতা শাজৈ চা-চাদুনা।।

(২১/২/০৩)

# পুন্সি

নাপল !

কয়াদা নুংঙাইরিবা নঙগী পুন্সি
চাউথোকচখি শুপ্নগী উনশাগী ফজবদা
তূমখি তুম্লিবা ইপিসেন্টরগী মচীন্দা
তোংজবা অমসুং মাংজবগী খলনা
ওইহনখি অমখক।

ফজবা !

ব্রাহল্লিবনা করিগী শাউহল্লিবনা থস্মোয়বু
অমতনিদি হায়রগা
মৈচাক্লা করিগীনো মায়থোংগী মহুত্তা
খোঙশাশিংদা,
নংখিবদাই লভাগী নোংলৈশিং।

মীনুংশি !

হায়বদাই নহাক্তি শেম্বী ঙম্বনি
লৈতে অচৌ পিশক
অদুবু শেম্বাং নৎতবনা ঙমখিদে
উৎলম্বা ঈগী মরী
কোয়পাই পাইবা নত্তনা।

পিরাং !

হানৌ মরক্তা শজিনা
পোত্থানা য়েংজরি চীরোংবা মচী
থৌশাখিদে তিঙ্খং তুম্বৌগী
খাঙজখি চৈনা খুদিংমক খোঙশানা
কপ্লমই উরিদা পল্লবদা শজিনা।

থাগৎলকই খোঙশাদা য়েংলগা
শাদানবগী বন্দি ওইনা ওইনা॥

তৌবিমল !

শিখিবশিংতনা খঙগনি
হিংলিবশিংনদি কাউগনি
অনীমক তৌরিবশিংনদি
মীকুপ অমফাওবা পন্নীংলোই, তানিংলোই॥

মঙাল !

চিংথোকই তেনশিল্লকই
খৌরাংলকই তাশিল্লকই
হোনগৎলি নাম্বুরকই
পাক্লবা লবুক লম্মাং নমখায়দুনা॥

২০/৭/২০০২

## নীংঙ মদবা

পুমনিন নিনবা খোঞ্জেলদো
অমুক্তংদি পোকখায়হন্নীংলি
ইখূৎমক্লা;
য়েংনিংলদুনা মচেৎ মচেৎ চোংথোকপদু
শাদুম ওইনা
শাচেৎ ওইনা
ঈহিং তানা পাইথোরকপা
মপূ লৈত্রবা সরকারগী পাইপ্তুগী।

হিরোসিমা, ৱার্ল্ড ট্রেদ সেন্টর
নুংঙাই য়েংবা ঙ্ক্নদা
ওইখি হিটলর, বিন লানদেন, অতৈ অতৈ

থৌনাফবা মীশক
ঐসু ওইনিংই চাংয়েং তৌদুনা
অদুবু ঙমদ্রি মৈনাদা মৈ চূবা
শক্তি লৈবা তান্নরবা মতমসিদা॥

২/৬/২০০১

## চম্বল

য়েংলকখিবা ঙাক্তনি
শক্তমদো উরুবতনি
শান্নখিদে ব্রারী অমত্তা মাগা ঐগা ॥
অগ্রাগী ব্রারীনি
চম্বলগী পুঙ্গিনি
ব্রারীনি নুংশিবগী, অকি হঙ্গোইবগী
নীংশিংহনখিবনি তুরেলদো
উহনখিবনি চীংপিক মচাশিংদো
মান্নবা মিংথোলনি খেন্নবা মচৎনি,
চেকশিনহনবনি কিবনা
থকহনবনি ফজবনা
অয়েংবশিংদা ॥
কবম্মা কাউগনি
করম্মসু চৎনিংলোইদগে
ফুলন কয়া ভীরাপন কয়া লৈরসু
চম্বলগী ফজবনা
চম্বলগী অকিবনা
লৈহাওসু লৈঙমদ্রে, পাম্বীসু লোৎখ্রে ॥
ইংবনসু লৈঙমদে
লিনগী জগোয়দুনি
নোংজুথানা খঙগনি পূম্নমক মাগী,
মেরিনাগী মমিংদো
ভিন্দগী মফমদো
পূম্নমক অকিবা ঙাক্তনি তারুবা কনানা !
অহিং কয়া অমসু
নুংথিল মশিং খঙদনা
লোইররোই ব্রারীদি চম্বলগী ॥

(১৯/১২/০৫ - মদ্যা প্রদেস)

## লোক্তাক্না মতা ওইনিংবী গঙ্গা

ফরকা দামবু হায়বরা ?
হাউরা ব্রিজবু কৌবরা ?
গঙ্গা তুরেল হায়বদুরা মসিবু ?

ইফদা ফজবগুম তৌইদা
ইনুংদা নুংশিবগুম খল্লিদা
উরু তারুবা খুদিংমক ।।

থীজববসু ব্রাখলদি ফজেদো
খনবদি ঙমদে ইশাগী লননি ।।

খুৎশেম্নদি ফজরি
লৈত্রে মহৌশাগীদি
অশিবা নঙগী খযাৎনুংদা ।।

নীংশিংলকই পাউদম্লকপদো
কবোকং ফুমদিনা নীংশা থিংহৌবি
নাউয়োক ফবী কংলৈ নিঙোলনা,

ওইরো লমকোয়বশিংগী তুংনফম নহাক্না
মনমদি য়াম্না চেলহৌই ইম্ফাল
কোলকতাগা ব্রাখলদি খেন্নরী
কংলৈপাক্কী ব্রারীদি চিংথোকহৌবি তাবুদগী ।।

(২/৩/০৫ - ২.৪৭ পি.এম., ব্রেষ্ট বেঙ্গল)

## ঈগী খোঙ্গুল

চিঙ্কবা অহিংসিনা
ওইরে অনৌবা ঈশৈ।

মেঙলবা থাবলসিনা
কাউঙমদ্রবা থম্মোয়নি,

ননশিল্লক্কি কুয়োম শেল্লদুনা
খ্বাইরম্বন্দ ঈমাশিংগী পৎ-পুন্নবশিংনা।
খল্লমগনি নহাক্লা
কাউথোক্লবা হোৎনরিবা থব্বায়নি,

উইশিনবা ঙমদ্রবা মীৎসিনা
পুন্নমক্কী ব্রাকৎনি থাজররোইদবা।

ওইখি নঙনা অহিং নুংথিল
পুনখি ঈমাগী ফিজিনা,

য়ৈরকখি নাকোংদা খোম্থাং
মচাবু কৌরকপগী
ষনয়াম হোইরিবা অতিয়াগী অহিংদুদা।।

(২৯/১২/০৫ - ১১.৩৫ পি.এম., রালেগাউন

## রাজঘাট

থৱায়গী য়াতাফম মোংফমদুরা
নৎত্রগা কৎথোকপগী ফীরাল
হাইরিবা ইং-চিকপা নুংশিৎনা
শংবান্নরা অতিয়া পূনশিন্নদুনা।

লম্লানবা কয়া ঙাইহিরিবা
অৱাংবা লোইরোই চীংদোলনি
খোঙথাং নাইবা পুন্সিদুনি
ঈয়ায়দা লোৎপা মুক্তানা।

থেল্লিবা নূংঙৌ মরক্তা
কাশমির গেটনা ঙাকহৌরি
থৱায়গী মৈরীনা থীহৌরি
চঙলকপা শাফু খুদিংমক।

লৈরিমখে ইন্দিয়াগী ঙমখৈনা,
মুৎনাইদনা অদুমক লৈখোকো
চাক্লুগে ঐসু মুৎনাইদবা মৈ
ইরমদমগী ঙমখৈনা কায়দ্রিঙৈ।।

(১৬/১২/০৫ - দেল্লি)

# মীহুৎ

নিললি খোঞ্জেলনা
খোম্থাং য়েনা মায়কৈ শিন্না
মকৃ নাহেগুম থেঙলবা অহিংসিদা।

খূৎশা তরানা লোউপ ওইনা
তাল্লকই ঈচেল নাইরিবা ঈপাক্তা,

নৈখাযরি থিনবা হোৎনবদা মীহুৎ।

চহি মঙাগী লৈঙাক্তা
তৈরকই ময়ি চৎলবা গ্লাসতুদা
সেকমাইদগী, অন্দ্রোদগী, ফয়েংদগী
নৎত্রগা খূৎশা হৈবা খুনশিংদগী
পীননবা চহি মঙাগী হক'

খোংজোম লান
মহাভাবতকী লান
ফ্রান্সকী. জপানগী অতৈ অতৈ
মান্নরমগদ্রা পোবম পোমিৎ
খেন্নবমগদ্রা ঐখোয়গীসিগা ''

লাংশিন্নে থাঙ-তেন
পায়শিন্নে নোংমৈ বোম
লানবনশিং শেম্নবকই
লৌনবকই থৱাযশিং ময়াইদুনা
লান,
নৎত্রনে মসিসু ?
(১৬/৯/০৭ - ইম্ফাল)

## মতাংনা

থাগৎনিংলকই থৌনা ফৈ
শৈরেং ইরিবশিংদা,
নুংশিরকই থাজদনা
লাইরিক ফোঙলকপদা,
শাউনিংলকই অমুক হন্না
নুপা থোক্তবগী।

নোক্লিংলকই
পাবীনবা লৈরক্তবসিদা,
খঙনিংলকই ঐখোয়স্বাইদা
কয়াম লৈরবগে লাইরিক হৈবা।

কিরকই হন্দক্তি
মনাগী ব্রা পন্নরকপদা,
থিনিংলকই ঙাইহাক
লৈঙাক মপূনা কবি তৌবি।

য়াওরকই কবিশিংগী মরক্তগী
মশানা খুৎই মশক তাকচবা,
মচীন্না থোক্লা হাযরকই
অব্রাইবা লোল অমসুং ময়েক্লা,

নোক্লকই তারিবশিংনা।

করিদনো পোঙজরিবা
নুপী অঙাংনা
মরূপ মপাংনা যাদবা
কবি হায়বা মিংথোলদুদা ?

মীদি হোংদবা লূঁপতি শঙবাই
মান্নবা ব্রাখলশিংনা চাংয়েং য়াওদনা
খুন্নাইসিবু শেংদোক্লিবরা
নৎত্রগা শিৎতোক্লিবরা ?

(১৫/৯/০৭)

# ফেমিনিজম

চনুরা !
পায়খৎলু মোবাইল
মালেমগী পাউ লৌনবা
হুৎলু নাশিকা
শন্নাংনা ইকায়হল্লু তারমদাই নুমিৎকী মঙাল

থিরুনু শন্বে মনাগী চেংহি মনম।

উনশাগী ফুরিৎতুনা
উহল্লু শাথেক
ময়াই কাহল্লু নশাবু,
মহৈ হৈরবী নহাক্লা
ননিঙ তেকপমখৈ নপ্পু হোন্দা সিবিজেদ
শেকপী ওইনা।

মল্লবা হোটেলগী তেবল মথক্তা
ওইহল্লু চিনবান অনীদুনা লল্লোনপোৎ
তাহল্লু
মপূ খঙদ্রবা ঈ মতুমশিংগী মীরাওখোল

লৈরী নখোয়গীদমক মৈরা পরেং
লৈখা তারকপদগী কন্নবা !

(১৬/৯/০৭)

## মহৌশা অমসুং মীওইবা

মেঙলবা থাবলদা ইরোয়জখিবা
থাসিগী অহিংনা নাউশুম ওইখিবা
মহৌশাগী শক্তম্না ওল্লাংথাদা পূক্রিং লূপখিবা
পূম্নমক ঙসিদি  তায়োন্নরবা তাইবঙ অমগুম
তূমনিংলবসু হিপ্লি য়াম্না ৱানা
উচিগী
নুংশিংকী
থম্মোয়গী ইথিলনা
মরাল লৈরবা অমগুম মিপাইহল্লে
ইশানা ইশাবু।।

(৫/২/০৪)

# নীংশিংবকপদা অহিংদু

মীৎ ককলা অমতং শুম্বীয়ূ
নাউশুম লাইরেম্বী,

হায়জখি অহিং কয়া
তাবিখিদে ৱাকৎ পূম্বা ।।

হিদাক য়োনফম দুকানশিং ৱাখি
হায়নবদা গুলি অমতংগী।

পাখি লাইরিক,
ইখি কয়া, ৱাদুনতা মতোকখি
তৌফম খঙখিদে;
ঈশিং, ঈশিং, ঈশিং
থক্লদুনা লেনখি মমীৎ লাওবা অহিংশিং,
ফক্লাংগী ঘড়ীনা তেক তেক
কৌবকখি, লাংতক্লহনখি অহৌবা খোঞ্জেলদুনা ।।

গুবখা
পূংশিংগী কাটাদা নেৎতুনা
হুইশেলনা মায়কৈ চিংলদুনা
খুতি পোষ্টকী মখোলদা
চৎলি রালেগাউনগী মফমশিং
ৱারক-ৱাতেম্নবা হূরান চীন্থিশিং।

অহিংবু করেম্নদুনা
পূংফমসিদা মতমসিদা নুংতিগী
ঐতনি ময়েক শেংনা তারিবা
মাবু ঙাইরিবা মীশক অমগুম ।।

লমদম অসিদা গুরখা লিশিং লিশিংনা
ঙম্লোই মীশিংবু পোত্থাহনবা অহিং তংখাই অমতা !

(১২/১২/০৫ - রালেগাউন,

# পূমওন হেক ওল্লম্মীদা

শংবান্নবা মচুনা
লৈঙাং,
খুদেং শারম্বদুসু
তাইজেক মওং,
নাপোমশিংনা মকোক তাঙ
মৈতালনা মুশি মুশি

ঐ খঙভী
চপ চানা
মহৌশা নত্রে ঈশিংথিংবী।।

পাম্লৌ উবশিংবু
তশেংনা ফত্তে হায়নিংদে
শুনীংদবশিংগী মবক্তা,
অদুনা হায়নিংই
ফুরা দলাননা
থৱায়বুদি য়োকপা ঙমদে।।

তেংথা খোঞ্জেলদি
মখল শুরে,
তাবীগদবা নাকোংদি অমত্তনি,
তাবিনবা য়াওদ্রবা ঈশৈ
তঙবিনবা লৈত্রবা মহাও
কান্নফমবু লৈবিদরা ?

(৬/২/০৫)

## নাপল

মরূ লূক্লা উপালনা
খাঙজরি তাইবঙ চৈনা,
য়েংজরি থম্মোয় শোক্লা
নীংঙমদবা থৌদোক কয়াবু

তাশিল্লি নাকোং অনী শুহন্দনা
শুংজিল্লি, পুথোক্লি হেন্না য়াইফনবা॥

কৎথোক্লি তৎতনা থব্রায়শিংগী
মীকুপ খুদিং মীওইবগী
অমুক হন্না তান্দুনা ফংঙল্লরোইদবা;
শিংঙল্লরোইদবা লমনবু

কাউথোক্লী
'ঐতগী' ব্রাখলসিনা॥

মক্তুবা মায়থোং
থৌশাদবা মতৌ
ব্রারৌ-পূক্রৌ থমদা
পঙ্ঙীদা হে মীওইবা

ইতিনহনখি নমদুনা উফুলশিং
পাউথোকপীবি লান্ন-লান্না
ওইজবা থাদোক্লবা কনাবু
মশাবুদি অফবা শাদুনা॥

শেৎথরি মরূ লূকপশিং
পুক্সি জাৎ শুনা তিল্লবা মফমদুদা॥

ব্রাতোন্না করেমনৈ ঈরৈরক্তা
অতিয়াগী মহুৎতা পাউখূম পীরি
মরূ লূকথনা ঈরৈরক্তা॥

(২৭/১২/০১

## খুন্নাই অমসুং থবায়

থবায় মীরেল অমনা লোইদে
হোংলকই মতমগী য়াওলনা
শক্তম, ব্রাখল, অমসুং পূক্লিং।

ঙারিনা খরুং চেন্থবা
চগিংনা চেঙকোক মাঙথোকপা
মীনসু মীবু চিংথবা
অদুবু
মীবোল হোংঙী ব্রাখলদি পোক্তে
খুন্নাইরোলদি থোক্লকই শেমগৎনবদি ব্রাৎলি
থৌদোক্তুনা কনাবুসু লৈতাহন্দে
পুমখ্রবা অমগুম হেক্তা পৎলকই॥

(২/১১/০২)

## তাজনিংদে ৱাকৎ

মী মশেল তান্নরি অফবা
নোক্করি ফত্তে
অমনা অমদা,
মীযাম্না লৈঙাকপদা মন্ত্রিনা মীচমদা
ললোনবীনা লৌউবদা
লৌউবনা মীয়ামদা।

খোর্জৈ লাম্মীনা ফম্নাইবা পূকনোইবনা
লাউরি উমং কনসি
চীং-তম নকশিন্নসি
অকোয়বা ফগৎহনসি অচুম্বা থম্লসি
লান হৌরসি ঙমখৈগী
অদুবু তারিদরা কনানা ?
পুলিসনা থৱায় ঙাক্লি হৌদোংনা ঙাকবাক শেন্নরি
শান্তি পাম্বশিংনা থিরি নীংতম্বা
মীয়াম্না চম্না নীংতম্বদা শিরি
মবুক নোইবদো পূকচেলসু চাওই শেলবু পীরবদি মশিং থিদে
য়াম্না পীবদা থবক পী
ৱানোম তোয়রবদি চানবী,
লৈবাক্কী খল্লিঙৈ লাউথোকখি অফবা ঙাক্তা
হূরানবা মশেল হূবান্নরি
চীন্থিবা মশেল লাউথৎনরি
চেমায় চোন্না ইরকই লৈবাক শীন্না তান্নরি
অদুবু ঙমদ্রি কনাসু
এইদসকী নাপলবু।।
খুন্নাইসিদা হিংলিবসি কনানো লৈবাকসিদা পোক্লিবা করিগীনো
'প্রজা'গী ৱাহঙ্খোক হনবীরো
খঙদবা য়াম্লে মীওইবা মরক্তা।।

(২/১০/৯৬)

## নুংশিবা ১

নুংশিবা,

য়াম্না নুংশিনা ঐনা থিবি
কযাবক থম্মোযনা খন্দুনা
অদুবু খঙলে ঙসিদি ঐ।

থমখ্রে ৱাংনা
লান্বা ফংলোইদবা মফমদা
অদুবু ঐ কাউদে।

৫/১২/২০০০

## নুংশিবা ২
### (চৈনা)

নুংশিবনা ঙাওরবা মানা
থাদোকনিংদ ঐবু থাদোকই,
ঙাওরিবা ঐসু লৈহৌই
অদুবু খোয়রাংনা য়েংনখি।

২০/১২/২০০০

## নুংশিবা ৩
## (চৈথেং)

নুংশিবদি মীৎ লাওই
মসি মীৎননি,
মপাঙ্গল শোল্লি
থম্মোয়না পাঙদবনি,
নুংশিবগী তীন
পোলোই খঙদবনি
পুন্সিনা লৈখা মিংচৎলা ?

২৫/১২/২০০০

## নুংশিবা ৪
### (চৈবাক)

পুন্সিগী যাইফনবা

লাপথোক্লো ইফমদগী

মদুসু মানা শাওই,

মাগীদমক ঐ ;

ওইবে অপঙবা

খেন্নবদা খোযদাবি

চাম্মবক খল্লু যাদ্রি ।।

২৭/১২/২০০

## নুংশিবা ৫

(শক্লাইবা)

চোইরমদবা ব্রাখলসে
মচেৎ মচেৎ পোকখাইখি,

নাপ্পদা চিল্লে হবাওদে
মীনম্বগী অচুম্বা মবক্তা,

হায়নিংলম্বশিং মথং মথং
অকাউবনা হান্দোকখ্রে।

(১/১/০১)

## নুংশিবা ৬
### (লাল্লোং)

করিবু অমুক হায়রুনি
নুংথিলদা মীৎশেল খাঙলক্লে,

কনানবু থাজগনি
থাবুম তবা মপুং ফারশু,

ইকায়বনা পুক্সি শাংলবদা
মীরেল শঙনা কৈদৌনি।

(১৬/৭/০২)

## নুংশিবা ৭

**(ভেংথা)**

হৱাওরমগনি খনবরা নুমিৎতো

পোকখিদে নুংঙাইবা অমতা,
নীংলমগনি খনবরা নুংশিবা
থোইদোক্লা খল্লুদে করিসু,

অদুদি হায়য়ু শকহেনবী
হৌফম শাৎফম খঙহৌগে।।

২৬/৭/২০০২

## নুংশিবা ৮
### (লোম্বোক্তবা থবায়)

লোম্বোক্তবোই খল্লুবা
মতু চোম্বা উফল্লা ?

থম্মোয় কনবীরা নীংলুবা
লশিং মফোলনা ওল্লকপবা ?

হাযবকপা ঙাইরি যুববাজনা
লোম্ভোক্তবা খুন্নাইসিদা ।।

(১৬/৯/০২)

## নুংশিবা ৯
### (মনতিক্লবা)

সোক্রেটিস ফাওবনা খন্দ্রবা
নীংশিংলকই থম্মোয় কায়না,

থম্মোয় অমগী মাযথোং
ফাওদোকখি অরোনবা মিংশেলদা,

অসুম অসুম যেংলগা
চেকখাযরকই মশুং কযা থোক্লা॥

১০/৯/২০০২

## নুংশিবা ১০
## (লানবন মনুংদা)

থোইদোক্লবু খল্লমদবনি
নুংশিবদুম হেল্লক্লে,

ঙল্লরোইদ্রা খল্লম্বনি
ইকাযবা হায়বদো লৈবমদ্রে,

পম্থৌ শঙ্গাই য়ৌকবে
ঈপাক্তদুম ঈবাক্লখি।

(২৯/৯/০২)

## নুংশিবা ১১
### (থৌনা)

লেপ্পবদা ঐগীদমক
খুন্নাইসিনসু লেপ্পকই
মান্নদবা মায়কৈদা ঐগী,

হঙ্গোইবক্তে ঐগী হকচাংগুম
কপ্পদি পোত্থাখিদে থম্মোযনা

মঙফাওনদ্রবা মঙলান মঙলুবগী
ইথন্তা নহাক য়াওদনা।

৫/১০/২০০২

## নুংশিবা ১২
### (ওইরম্মী মাসু ঐ)

খল্লম্বা ওইরম্মী পাখলনা

মপাঙ্খোংদা লূম্লা লৌরবসু

থরায় অমসুং হকচাং

থিকবদা লৈশা হোগাযদুনা

থম্মোয অনীনা থিবী নুংশিবা

লম্বী অমদা চৎনা চৎনা।।

১/১/২০০৩

## নুংশিখিদবদি নত্তেকো

কালেনগী মৈশারক্তুদা
চাকখাউগী লাল্লক্তুদা
অমুকসু ইকায়রুরি
থৌ লৈত্র খুন্নাইসিদা
মীৎখক নত্তনা মায়দি খুন্নি
হুমাংদি ওরো ওরো
পৃন্সি তেল্ল অহলদো।

মফি নাল্ল নহাশিং
থৌ-ব্রা ইশা শাদ লাকপদা
মকা লান্নি থম্মোয়দা,
কদায় চৎকদবা
কাখৎসি ঐগীসিদা
হায়বকই অহলদুনা নোল্লুক্লা।

তৌফম খঙদা নহাশিং
হায়ঙম তৌঙমদ
চিবোন-চিবোন শোন্নে,
অহলগী ব্রাবীরি
অদুমক্লা,
শৎ-শৎ কাখৎখি
নহা বিক্লোদুদা।।

মকা লাম্লম্বা অহল
মায়থোং খেগুম লাং
থম্মোয শোক্লা য়েংহৌই
ফত্তেদা নখোয়সে
নপাগুম্বা ঐঙোন্দা,

মবী ইরৈ লৈনদা
অমনা অমদা লাংতক্লবি।।

১/১২/২০০৩

## ময়াই কাবা

মালেমদা নঙসে,
খ্বাইদগী শক্তি লৈ
ঙমদবা লৈত্রে নঙনা
মরক্তুদা ঙমদে নঙনা
ঐগী অপান্বদি !
নঙনা ঐগীদমক লেপ্লবদা
অকিবসু লৈত্রে
অব্রাবসু কাউথোক্লে,
নীংলকপদা পাঙথোকই,
ওক্তবীসু ফনা খনবা ঙম্মী
পূম্নমকপুসু শীংনবা ঙম্মী
করিসু খন্দবসু ঙম্মী
মযাই নঙগী ময়াইনা।
শরূদা উনশানা নপখ্রবসু
নঙবুদি কাউদে।
ঐগী নুংশিরবা মীয়াম নখোয়না
অঙাওবনি নুংশিবীখি
অরানবসু চুমহন্নখি
ফত্তবসু ফহনখি ।।
নঙনা পীখি
নুপী-
মরূপ ঐগীদমক
অমুকসু তাম্থোকপীখি নঙগীদম।
অমুক্তগা খল্লু
ময়াইনা পীবা কান্নবা
ঙমদ্রি ঙসিসু লৌবা
মালেমগী মশক নাইখিবশিংগুম্না ।।

(২৯/১১/০৩)

## শর্মিলা অমসুং গান্ধী

চিকখোন নাউখোনবা লমচৎনা
কনাদসু অয়েৎপা পীদবা
চঙথ্রবা খোঙজং
পন্থুং তানবা ব্রাখল
তাক্লি পূন্সি অমসুং মশাশিং,

কোক নোন্না নীংনরিবা
জাতিগী মপা
কদায় নঙগী ফিদম !

কান্নদ্রে খূদুং ইল্লুবা।

নুমিৎ কুনমাথোইনা মালেম নীকথ্রবসু
চাকথাক হুল্লি
থব্রায় কয়াবু;

দ্রাকোনিয়ান লোনা তক্লি
চদৎনরবশিংগী তল হৌনবা
অশিবগী থোঙজিলদা।

চহিসিবু নোংমরা ?

হবিনোংনাংগুম খোন য়াক্লা
চীংনুংগী তামনাগুম
কৌজেং হারৌগুম ফৌনারক্তা
নীংতম্লা খোংবনা মমল লৈরগদবা
শরূ শয়াং ফাওবা তাদ্রবা লৈকংলাসিদা
গান্ধীবুদি মমিংখক্তা নুংশিবী,

চাম্মা চাম্মবুদি লূখাক কোমদা হুস্থরি।

হিক্লা-হিক্লা শিবা ঙাইনা
নীংতম্লা
খোঙ অমসুং খূৎশিং
চেৎনা পূনশিন্দুনা থম্লী
গান্ধী নঙগী লৈবাকসিদা।।

৬/১১/২০০১

## পাথরক্লবা অমঙবা নোং

নোংহৌ অমখক হৌবকখি
উনখিবদা শকখঙদবা থম্মোয অনী।

লাপথোক্লখ্রে মমা মচাগী নুংশিবা
অমুক নকশিন্নৌ যাদনা
চুখ্রে লৎপা লৈতনা
মহূ পুবা অমঙবা নোংদুনা
চীংলোন ৱাংমদগী পাইশিল্লকপগা।

পাথবক্লবদা নোংলিকশিংনা
পুল্লবে তিল্লবে য়েক অমসুং নাৎপু
নুংশিবা কংলৈচা কয়া।

ওনশিন্নদুনা লাউবি
থিবসি অপোকপা অপোকপী
হোৎনরসি মশক খঙনবা
অমুকসু মিপাইজবী কাউরম্লগদবা ?

ঙসিসু লেপ্লি শকখঙদ্রবা মখোয় অনী
যেংনবি অমদা অমনা খোয়রাংননা।

ঙম্লবোই থদৎপা লংদাই
লীরকই মমানা পিবাংলক্তা পূৱাবী,

মপানগী ইথিলনা হৌজিক
ঙম্লবোই পাত্রদগী লৈমায়দা ঈশিং।।

২২/১২/২০০২

# মুশি মুশিবা থব্রানমিচাক

লৈচিলগী মশেক মঙালদা
নোংহৌগী মুশুক মুবা মপৈদা
অমুক খন অমুক হাংদোক
থৌবি চিংনরি শমজিনখ্রবা মমৈশিং।

শংলুদ্রি কনাসু মীকুপ অমা
মৈরু ওইরিবা কংক্রা মনুংদুদা
চিংথোকপীনবা তাম্বীলক্তগী মৈখু
কামথোক্লি মৈখুগী মহুত্তা হূ ওইনা
পাক্লবা অতিয়াগী কাচিন্দা।

কংথোক্লি মতাক্লদি তেনখ্রবা পুন্সি
মাংলেম খুন্নাইগীদমক
মী ওইবগী চৎনবোল রাংমদা
নাইতোম তাবলা থব্রানমিচাক অমগুম।।

(২৭/১০/০৪)

# ঈশিংখিংবী

মোমোন নোকপা মায়থোং
চীংলোন কয়ানা মায়খুল্লিবী
মীনোক্লা পুক্সি ওইরিবী
নঙদি লেল্লি
নদোম অচিকপদা !

শিংথাবীনবা লৈরবোই তাবিররোই লীরুদুনসু নঙগীদমক
নদোম হিংজৌ নদোম শিজৌ
নঙবু হেনবা কয়াসু লেল্লি
নীংবা কায়না মতম চূপ্পদা ।।

মাইব লোক চীংগী নোংপোক্তা
ঈঙাংলোক্লা লীরিবসি অৱা লানগী ৱারীনি,
য়াওরিবনি নঙগীসু
হৈ-লৈগী অৱাংপা লৈতে চাউথোকচবা
কনানা খঙবিদ্রবসু ১৯৮১গী শিংবুলদি
পঞ্জাওতনা তাকপা ঙল্লগনি।

পান মনিপুরনা থাদবম্বা ঙাশিং নত্তনা
লৈরি মথি ফোংবা ঙাজাউ কয়া,
অহিং অমখক্কী ৱারীদুনা শায়োনখ্রবসু
হৈবোক নহাক্কী নশাইগোন্দা
নাউয়োকখিবা সমরেন্দ্রনদি লাতল্লগনি ।

ওইরমগনি নঙগীদমক
লৈহাওসিদা চাউখিবা পহাডীনা শকখিবদো
'উবিদ্রবা ফজবা ফজকবগী কবি কান্নে'
নংত্রগনা নহাক্তি ঈমাগী তম্পাক ওইখি
তুমখি ইচিক হুল্লবা অহিং কয়া

নাউয়োকখি থৌনাফরবা নপারী কয়া
নথানুংদা চেৎনা।।

নীংথেম পূং,
মোংফম,
বেলুন তাবী
লৈহৌরগনি তাবুনুংদা নীংঙাইদনা,
মমি শাল্লবা লিক্লম্মা তাক্লি
শাংগ্রবা অদুঙৈগী ১৯৭৪বুদি,

শক্সিবু মাদি লাকখিনি চহি খুদিং
ঙাইখিনি শাবী শানৌনা
অদুবু কিনরে নঙবুদি য়াইথিবী,

লাক্লবোই নঙনা কৌবিবা নচাশিংদুদি
মতমগী তোবৈদা লূপখ্রবনি মখোয়দি
তূম্লো নহাক মীকপ থোক্লগনু
লীবমগে ব্বারীদি পুক্সিনা লৈবিমখৈদি
শিন্থাদি পাঙল্লরোই
লৈখা তাববা মঙলৈবাকসিদা।।

(১৯/৭/১৯৯০)

## শান্তিগী লম্বী থিরকপদা

পম্বুং লৈব্রা খল্লি
অদুবু লৈরমদে লমখৈ।

চৎল-চৎলগা শাংলকই
পোত্থারগা ব্রারকই
অপঙবসু অশিংবসু পূম্নমক।

শিবসু পান্নকই
ব্রাকৎ ময়ামসি তাবদা
হিংনিংবসু ফাওরকই
মুৎপ্রগদরা খল্লুবদা ।

অপুম-অশাগী মনমদা
শব্দ-শয়াং মরক্তা
নাইতোম হিংবা কিরদুনা
মীয়ামগা হিংনিংবসু পোকচরি।

মাংবা লোইরগা, কেম্বা হৌরগা
করিগীনো অসুম্না মথং মথং
ব্রাখল লৌশিং হেক হেক লাক্লিবা ?

(২/৭/০২)

## হোংবিরো লানগী ফিজোল

পীরো ঈমা লানগী খুৎলাই
মায়োক্লরগে য়েক্লবগা।

পীবিরো লোইবা নাইদ্রবা শক্তি
ঙমজগে লানফম থেংনজবা
মাংহনলগে নাপল কারবা বাবোনশিং।

ঐখোয়না শান্তি পাল্লিঙৈ
ফুকখিগদৌরে পজেং ফিবাল
এটোমনা শক্তি ওইরিবা নৎত্রা ?

সান্তিদাসকুম্বা মীশক্কদি ঙম্লোই
খুৎলাই মতিক চারসু,
মুইবা লিশিং লিশিংদি থেংনগে।

মপোক তান্দ্রিবা ফাওবদি
লোইখিরোই কল্লকপদি
ব্রাইথ্রবনি অচৌবা লম্মৈনা
ঈ শেংদবা মচা কয়াগী।

হোংবীরো লানগী ফিজোল
ওইজরগে ঈমাগী অশেংবা লাম্মী।।

(৩/৭/০২)

## অপাবা য়াওদ্রবসু

কাখু অমদগী
পাইথোরকই শুনামী ওইনা

থিংবা ঙমদনা চেনশিং
মরোল মরোল ননশিন্নদুনা
শৈরেং ওইনা
ব্বারীমচা নত্রগা নোবেল ওন্দুনা।

ওইশিন্নখি পাঙলম্বা মীৎশিং
ফিগাউগা মতম অমতদা।

নম্লকপদা কবিশিংগী মনম
শোল্লকহ্
মীচম্না খঙদবা ব্বাহ্ন্থোক লৈবশিং
তান্নবকই পিকশিনবা
শুপ্নগী অচম্বা ব্বাহে অমদা।

কবোক ওইনা চোঙথোরকই
খোম্থাং ওইনা য়ুম্লোন্নবশিংদা।

চোল্লবা পুক্কৈদগী
শেম শারকই পাইথোক্লবা
ফৌজুম ওইনা
মপাঙ্গল শোন্না লৈমায়দা॥

(১১/৮/০৭)

# নবা তুমখুল তাল্লিগৈ

পন্দোম লোল্লবা চাওখৎপা
শক্তমগী শক্তম পুথোক্তুনা
চাদিংগীদমক ফিগাও লূমথরবা
কোক্কি লমজেলা থালৈবাক।

হিদান্নরিবা লৈকংদা নৌ পাযদুনা
লমদমসিগী মশা নানবা থেঙ্গুশিং
হিংলি তাঙলবা পুন্সিদা
লমহুই লৌশিং চিনফা পুদুনা
শিনদি পাঙদ থৌচিনবশিং
থাক ব্রাংনা হিমালয় ওইনা
হামচৎ হাম্পোইনরবা খূৎহিংদা।।

(১৬/২/০৪)

## ঈপাকসিদা

ঈন চিংলি

পাকখ্রবা পাউনা বজারগী
থাঙ্গাল বজারগী কাখুশিংদা

ফান্নবগীদমক ঙামু মহাদগী
কুম হেল্লবশিং যাওনা,

নৌরবা উনশাশিংদুনা শোল্লি
পুম্সিগী ঈপাকসিদা।

য়াওরকই ইনশিংদুদা
অনম অহা চূরবা মহাশিং

ঈ মরিক অমত্তা থাংদ্রবা।।

১/৯/২০০৭

# কুম্মৈ

য়াক্লবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা
হৌরকই ফিস্মদু,

কাপ্পরকই
ফুনরকই
নুংশিন্নরকই
শক্তবা য়াদে মতৌদা
য়েন্নিং হুনবা ঙমদবা
ঈশৈশিং শক্লী,

মখূৎ মখোঙ লেংলি
হুমাংদি থোকপা ঙমদ্রি।

হরাওনরি

তৈথোক্লম্বা পিশিংদু খকহুনখি
রুমালনা শাওরি
অয়েংবনা থাগৎনরি পোলোই ফজবগী।।

১/৯/২০০৭

## মমিং থোন্দ্রিবা শৈরেং

অচম্বা,
য়াওরবনি মদুদা উশিংতবসু।

পোখাইরি মতম য়ৌদ্রিবা য়েরূম
মৈশা থাজিন্দুনা।

চাক্লি অচোৎপা শীংশিং
ওমশিনলুবদা মৈফুদা।

শিরি অচুম্বশিং
অরানবগী খয়াৎ মনুংদা।

কপ্লী মমাশিংনা

তৌশিন্নবা মানবা মওংদা,

অৱাবা হংবা লাকশিং
নোকপগী পিদু তৈথোক্লি।।

১/৯/২০০৭



ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম, ইবদা শীজিন্নবা মীং ইহিলেন খা-ঙানবা, অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্য, জর্নেলিজম পামজবকই। ইবদা থৱাই য়াওজরকই। হায়স্কুল তম্লিঙৈদগী শৈরেং, ৱারীমচা ইরকই। হৈরোক মায়কৈদা "নহারোলগী সাহিত্যগী য়াওল" (২০০১) লিংখৎতুনা জেনরেল সেক্রেতরি ওইরকই। ইং ১৯৯৯দগী এ আই আর ইম্ফাল নহারোলগী থৌরমদা ঙসিফাওবা ৱারীমচা, শৈরেং পারক্লি। লীলামচা মরী ইদুনা শন্দোকখ্রে। মণিপুরী পাউচেশিং, মতমগী য়াকাইরোল, হুইয়েন লানপাও, নহারোলগী থৌদাং, সনালৈবাক, রিগুলার কলমনিষ্ট ওইরক্লি। কংলা পাউগী পাউমী ওইরকই। থাংমৈবন্দ লিলাশিং খোংনাংখোংদা লৈবা ICTIC গী নীউজ রিদর (২০০৩) ওইরকই।

লাইরবা ইমুংদা হৌরকপনা লাইরিক ফবা ছাত্র ওইরক্লবসু মহে মশিংদা নীংবা থুংলক্তে। হিংনবগী লানফমদা নহা ওইনা চঙলকই, বিমসতা ফার্মাসি ফম্লকই। হোকব ওইনা থবক তৌরকই। সাহিত্যগী লমদা - (১) খল্লুবদা নোকনিংই (২০০৩, ৱারীমচা), (২) নুংশিবা লৈনম (২০০৫, ৱারেং শৈরেং খোমজিনবা) মশাগী ওইনা ফোংখ্রে। মণিপুরী শৈরেং এন্থোলোজী মঙাদা শৈরেং হাপখ্রে। সাহিত্য অমদি জরর্নেলিজমগী লূপ কয়াদা থৌ পুরী। কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম)গী ফাওন্দর জেনরেল সেক্রেতরিনি। শৈরেং শৈরোল শেমগৎপা লূপ (শৈপাল)গীসু জেনরেল সেক্রেতরিনি। মণিপুরী লিতরেরী সোসাইতি অমসুং রাইটরস ফোরম মণিপুরগী মেম্বরনি। ফিদমফম (মন্থলি জর্নেল), অনৌবা মঙাল (ককচিং)গী স্পিসিয়েল করেসপোন্দেন্ট কম কলমনিষ্ট ওইরি। ওল মণিপুর কলমনিষ্ট ইউনিয়নগী অচঙবা মেম্বরনি। ফিল্ম জর্নেল 'ইমেজ' (থ্নাগী চেফোঙ)গী এসোসিয়েট ইদিটরনি। কলমগী থা ২/২ গী চেফোঙ 'ফাওনচে'গী ইদিটর ওইরি। হন্দক পুথোক্লিবা শৈরেংগী লাইরিক ঈশিংথিংবী অমসুং মাগী ঈশৈ অসিনা অইবগী অনৌবা মায়থোং অমনি।

- থৌদাম নেত্রজিৎ